# চন্দ্রগন্ত

( মৈতৈ ময়েক্তগী বঙ্গালি ময়েক্তা হন্দোকপা )

পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিং

# চন্দ্রগুপ্ত

অফোঙবা —
পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিং

ফোঙবা — ওক্টোবর, ১৯৯০




কপি — ১০০০

মমল — লুপা ১০/-

নম্ফম — টাইম্স প্রিন্টর্স,
ককচিং — ৭৯৫১০৩ (মনিপুর)

# চন্দ্রগপ্ত

হয়া হে জয় শ্রীগুরু খোইখোইবা সনা থুয়ারেনবু তাংজ কোক্তখোংনা পুরুমজরকে। গুরু সনা থুয়ারেন কোরৌ নোংনাংপান্দগী লোইদাম থাজ পাখংবা খোংনাং য়াইবীরেন শিদবা থাজ মপুং ফারক্লবগা লাইজ ঈপাকথক্তা শীংলেন লৈকা ফম্না হরাউ লৈ থরো লৈনুংশিগুম্বা মমন মতিক লৈতবা পুক্নিং হকচাং য়াথং অহুম্মকমপু খোংনাং মানতোরিবা ফৈবাক তাবুন লাংগুম শুংজিম্না পুরুমজরকে। গুরু মচিন সনা থম্বাল লৈ-য়োনখোকতগী তমজবা খোইমোম লাই পুম্নমক্কী লাইবক খেল্লাইখোংদা শীংলেন চন্দোন লৈবু শুইনা ভাম্বরিবা বিষ্ণু খোইখোইবা ঈশ্বর মপুরেন বেদ মরীমক্কী লমচৌফম খোইয়ুম অরুববু ব্রহ্মা মচিন মখি পানবনস্তুং লৈশ লৈখোনগমদে নমু পোংনাউপঙ লৌশিং তরা চগেমতোনগুম্বনা চীংঙ্গু নতিক অরুববু হায়ঙমলোইয়ে। খোইমোম নখোজানগী মিংলেন পাউ-তাকরাবু অপাম পুক্নিং চংনা কৃষ্ণ মিংলেন শোম্না থঞ্জমনগী প্রেম নুংওনবা রস থুমখোইবগা খোজান লংকুফম কৃষ্ণ সনা থুয়ারেন য়োইময়াই তাউদনবনা নোংপোক সনা চীংদগী লম-হৌরকপগা লাইজ ঈপাকথক্তা শীংলেন লৈকাফম্না হরাউলৈ সনা থম্বাল লৈখোঙথাদা হকচাং চরৈ ফিথুপতম পুক্নিং য়াইবী

চৈরোইননা পুরুমজরকে। গুরুজন লেংনা তিনবশিংও নখোয়বু পুক্নিং শেল্লোংনিক্তনা নাতাবী-ও।

হয়া হে হয়িচকতৈগী অপন্দি সনা লৈপাক মুংঙাইবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন খোইমোম লাইবু নীংবনা মীকোনোংগীবু হয়া লাউনা শৈথিরকে। অপন্দি সনা লৈমাবা ভোজ নিংথৌরেন মালং তমথা য়াঙগুম্না নিংথৌরেন্না পাঙ্গন নিপা থোকপগী কোরৌ নোংমথা মালেম লৈনেমথক্তা পুম্নং অচৌ মৈগুম পানকবা নিংথৌ মমাঙবা সনা চোঙলেন খানবশিংবু য়াইফ থুডুমচন্না কোরৌনোংনাংপানগী থাজ মঙালনাই তোংজেং কুপতুম কুপ্না পানফবলক্তা লোইদাম থানিংথৌনা য়াইদলাংনা থাবল মঙাল নাইবা তুগুম্বু অপন্দি সনা লৈপাকী নাহান্নুবী হন্ন হনবা ব্রাহ্মণ পুম্নমকপু থৌজান শিনবা থুংনা লৈপাকমচা য়োক্নুন্না মুংঙাই মরাং কায়না পাল্লিতৈদা চীংঙ নোংদমবা মরায়েনগী খোইয়ুম মশানওই বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন চোইনৌসনা ফম্বাল্লাং অরাং পাখং য়োইরেনবগী মরনকু নোংশা খ্বাঙনৌফম সিংহাসন ফানখোঙ কুম্থ্রানিথোইমনা নোংশা খোঙজোমগুইনবা সনা তোইতুমচন্না মুক্তি চোইনৌথিনবা তম্ফা য়াইদা লাংনা মিংয়েংশেন নমখাঙতৈ হেরা চিদাইখোম য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা য়েত্তা ঙান লোইদাম থাজ পাখংবনা ওইদা ঙান্না হেনমোইবা সনা শাজুমপাংনা তোংজেং কাইনৌ থরানমিচক্ক্য তকুপ মাইয়েংহৌবা শীংলেন লৈনুংশিনা ফুরা লাইয়ুমকোই মনিক, কনিক্যা লীকওম্মোক্লা শকথোল মঙালনাইবা ফানখেঙ লৈকামুংগী চেংলৌ শকোইহেনগী মিংয়েং থুডম হোংদবী খোইনৌ মত্তা কুম্থ্রানিথোইমনা ঈশৈ খোনমানননা শমু খুংথেক লৌনা নোইনা ঙমদমহৌববু কোরৌ নোংনাংপানগী তকুপ তারংহৌবা

ৱাংবন লংতুম লংনা তাউখৎলবদা বিশ্বকর্ম্ম শিনহৈবা মথুংশা সনা ফম্বাল্লাংবু মালেম লৈখারোন্দা শাস্ত্রপ্লপ্পবু চক্রগনতা মপাউতাক্রগী ভোজ নিংথৌরেন খাগী মৈথাংথৌগুম্বনা অপন্দি লৈপাক পুম্না হুপ্না মালেম লৈখাবোনগী তানফংলবগী কুমৈ মশীংগু মুংঙাই মরাং কায়না নিংথৌ পুক্লিং হয়াউথোইনা পূক্লিং মতোনচোংনা হরাউরে। মদাইরেম লৈপাক কোইবা পুম্নমকস্তুং মুংঙাই মরাং কাইনা হরাওরে হায়দবরা।

অস্তুম সনা অপন্দি লৈপাক পুম্না তিল্লবদা ভোজ নিংথৌরেল সনা ফম্বাল ফমগে হায়না খেল্লেন মতম খললিভৈদা ফম্বালগাং ফানখোং মাংওইফম্বী চেংলৌ শকপাম্নেংবু সনা ফুথোংকোনগুম্বী লতাপতি অহেনবীনা। থৌখামখিয়ে। হে ভোজ নিংথৌরেন ও! য়াইফ নংগী খুতুম চল্লে হায়না সনা ফমবাললাংবু পঙনা ফমক-হিরোই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনগী মতিক সমুদ্র ঈরেন পুংগুমবা সেমা পুংখৈ খংদববু নাতাখি-ও হায়না পাউমেনখোনগীবু ভোজ নিংথৌরেম্না হে লতাপতি অহেনবীও! নিংথৌ ঐস্তুং চেংলৌ মিৎকুপমক্কমদা মালেম লৈসনা অঙাংবা কোরৌ নোংলুপান অ-ভৌবা তাঙ্গা মশীং ১০০০০ স্তুনা মুণি ঋষি পুম্নমক্তা দান লনয়েনঙময়ে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেম্না দান লনয়েন কয়া থোইগী ঐবু থৌখাম্বনো হায়না ৱাহমখোনগী লতাপতি অহে-বীনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন মতিক সমুদ্র ঈরেন পুংগুম্বা খোইয়ুম ল.ইবু নীংবগী দান লনয়েন ৱাবু নিংথৌ মতিক হায়না থৌখামখে ন্গী মুণি ব্রাহ্মণ লেনা তিনবলক্তা হম্ন হম্ন তাংজ ইকাইনংলবস্থ ভোজ নিংথৌরেনগী পায়মা উনগোহম্মুংদা সনা ফম্বাল্লাংতু অপাম পুক্লিং চংনা ফম্নীংলবগী বুতরা ফানখোঙ অয়েকপী খোইনৌ মতা তরুকমরূা ফানখোঙ মথংশিননা কোরৌ

নোংলোন পাইনা অৱাংসোংনিংথৌবু ইন্দানখিয়ে। ভোজ নিং-থৌরেন্দি অসুম মিৎয়েং শানখৈৱবসু পুক্লিং অপাম চংনা নাহান মাঙগী ৱাবণ নিংথৌরেন্না কার্ত্তবীর্য্য নিংথৌরেনগা মশানৌ ৱাণী ফম্বাল ফমবীগা লাইজ পাশানাডৈদা ৱাবণ নিংথৌরেন্না মিৎলৈ হাইনা য়েংনা লৌনা ৱাগী কার্ত্তবীর্য্য অহেনবনা থমোই মুংপাক নন্না ৱারকনডৈদা মমা পোকপা মপুৱেন পৌরস্ত মুণিৱেননা থৱায় মমিৱেনবু লাইশেংবীরৌয়ে। অসুম থৱায় লাইশেংবীৱবসু তাংজ ইকাইববু নমদাহুননা মাইকৈ পুন্নমক্তা হুয়েন লান্দাখিবা তুগুম্ববু ভোজ নিংথৌরেনসুং তাংজ ইকাই লৈতনা চোইনৌসনা ফম-বাললাং নোংশা খ্বাংনৌ য়েকপবু অনৌবা হন্না ফমগে তৌগুমলবদা সনা ফম্বাল ওইরিবী বিদ্যাধারি অহেনবীনা হে ভোজ নিংথৌ-রেনও! বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনগী মতিক অরুববু হায়রমগে। উনবী পুক্নীং পীনা নাতাক্কোও হায়না বিদ্যাধারি পায়মা লিন্দাং-শাংবা লৌৱাই হাতাংশাং লৈখু লামথরি লৈরাই লামথৎলি তিংথৌ তোল্লোক লৈগুম্বীনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনগী মতিক চীংলেন পাল্লংলাগুম্বৰু ৱাহমলকয়ে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন্না সনা মরৈপাককী ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুন্নমক্চিংনা নহান্নুবী হনন্নু হনবা অশোন অনা ফকফা নিকপা তরা অৱাচৎ চরৈ অইন তামবা পুন্নমকপু থৌজান পাংশোন নাইদনা পীজ পান্নদনা পিনা হনয়েংদনা লৈপাক মচা য়োক্নুম লনকু হৈয়ে হায়য়ে। লৈপাক ৱাচুনগুবা অহুগী মদাইবেম চিত্রগোল অয়েকপও চৌনা কৌয়ে। কোরৌ নুমিৎ শগোলশেনগুম লৌশিং তাংতৎ নাইদে মুকহৈ নারিন শোনববু বিশ্বকর্ম্ম মহাক শাংগুময়ে। কোরৌ নোংমদোন নোংলোন লৈচিন য়েকপু য়েকশোইদে শিনয়েন শিনস্ত পোইনা হৈবগী শমু খোঙনাও-তোনতবু মিৎয়েং শান-খৈৱবদি হকশাং পুন্না য়েকফাঙামমে। তাংজ কোকপুম মরমদবু

য়েকশোয়দে, থবায় মপানফুকনা য়েকফাঙাময়ে হায়দবরা। চীংঙ্ লাইবকফবা বিদ্য লাইয়্রিক হৈবা পুক্লিংচাস্নুকাবশিংনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনগা সনা মাগী ফম্বাল্লাং মতিক পান্দম লৈত্তবগা ভোজ নিংথৌরেন পুম্নং অচৌ মৈগুম্বগা অহুম্মককী মতিক শৈঙনবা চীংজেন নারেন ঈ-তাওববু কোরৌ নোংমদোন মালেম লৈনেমথক তাইবং নোংশাপান মরোন অহুম্মক্তা বাচিনারিয়ে। পায়মা শিল্লৈরোম লৌশিং কুরুংশুংবগী পাখং শাংগাই য়াইনমশুবনা লীরেন থাঙদা শম্বগুম বুত্তরা ফানথোঙ অহুম্মগী মতৌ পান্দমলো-মদা ঔরি অৎপা নাইদববু বাহমলককে। নমু পোংওইবগী লঙজ অয়োন ভাকপদি সাধু খোইয়ুম লাইবু নীংবা নখোয়গী পুক্লিং মহৌশানে হায়দবরা।

অসাইঙৈগী বিদ্যাধারি অহেনবীনা হে ভোজ নিংথৌরেনও! বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মদাইরেম চিত্রগোল শীংলেন লৈয়েক শিনশুবনা খোইয়ুম লাইশকত্তম তাইবং নমু পোংওইরিবা থৈবিককী অপাম পুক্লিং উনা য়েকফাঙম্বা অতুনা পায়ম মপূকমুংদা নীংথনজখিয়ে। ইহৈ ঐগী শিনশুথোইবা অসিবু চীংঙ্ লাইবক ফবশিংনা নিংথৌ নাকথনবদম্নু ইহৈ পাউতাকপীদরে। ঐবু লাইর অতোন তানা তরা অচারাং চরৈ অইনতাম মাল্লৌ অশেংবাংনা নোংথোইবা অসিবু লাহল পম্মৌ লাইজ ইহুম্নোংগীবু ওইরবরা ওস্নোকয়ে হায়না কোরৌ লনশাজরিঙৈ বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেননা কোরৌ মুমিৎ অরুবা থবা অশেংবদা য়াওরৌ শাদানগে হায়ববু নাতারবগী চিত্রগোল অয়েকপনা নীংঙনখিয়ে। চীংঙ্ ইরাইবক অসিবু কাইরৈয়েনকুরুমগুম থায়না য়াথোক্লগে হায়না শংলৌ থৌরাংজখিয়ে। নারদ মুনি মনাউয়োক বাল্মিক মুনি মরাকখঙ লবকুশ চৌন্দমহৈ তাউজিং লুনা হাওবু য়ুবী থুংতাখোং থোংনাং

শারিবা খানলৌহ্নে লৈতাঙ খরো মানববু ক্বা মশীং ঙ্কাবা পানা নানৌ খন্না শুস্থু করপুর য়াউ পানা লায়োমতৈ হৈরাং অমুন খন্না চরৈ ফিখুৎশা খামু ফিওস্থোক্লা য়োম মাল্লৌ থুপকিনশানা নিংথৌ সনা মতুংইনগে হায়রে। সনা অপন্দি লৈমাবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনস্থুং যাত্রা খোংশাললক্লে। য়াওরৌ শাকম য়োরগা শারেন শারাংশী শাকম চিথেক মরিমক্তা নমু থুংখাইননা য়াওরৌ শাদানববু খাম্বী নৈনোংখোং মৈরি লামতুম লামনা অপন্দি লৈপাক পুম্নমক্তি শগোল মখুনেৎপু লাংগোই খোঙ-ওইননা শারেন মনাকনকপবু শারেন মাংথাননা লাঙ্গোই খুরুপ মানবনহৌনা তাম্নখিয়ে। অপন্দি লৈবস্থুং য়াওরৌ তুবানশা খোয়ুন মশানওন নিংথিবা অমনা নিংথৌ মমাঙ শংশংবদা চোংথোক্লক্লবগী বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনস্থুং লাঙ্গোই খুনেৎ য়াইশা চুদা হেনবগী লাঙ্গোই শায়াংথক্তা শাজৈ থুমওনয়৾েনা শারেন তুংইন তানখিববু মদাইরেম নাখাঙ তুংশোন ক্বা হৈম্নাল্লোইশিংনা নিংথৌ হৈনা মতুং ইনঙমদরে হায়য়ে। অপন্দি লৈপাক পুম্নমক্তি শম্নাও পীমাঙনবা শলগুম পুক্লিং নুংবংচংনা নিংথৌ সনা মখোঙখুনবু লীখিয়ে হায়দবরা। বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনদি পুকনীং অৱাচংনা লমলক অতাম্বদা মদোম য়াওরৌ তুংইন তানখিববু নিংথৌ পায়মা উনগোইমুংদা নীংখনখিয়ে। য়াওরৌ থোক্টনা নিংখিবা অসিবু কোরৌ নুমিৎ কদৌনোংস্থ উথোক্তে রাণী লৈমরেন্দা লমওক্লগে হায়না য়াওরৌ তুংইন তানববু খো-ইয়ুম মশাওনানিগীনা নিংথৌ লাঙ্গোই মখুনেৎ ময়াঙ মাল্লং চৈ-রোইবা অতুবু হুমাং ঈরিক হৌবনা শগোল হকশাং পুম্না চোৎ-লবগী লাঙ্গোই থুদোন হুনঙমদরে। অপন্দি লৈমাবস্থুং লাইজ ইখৌ লাংবনা তিল্লাং ইফা য়োৎঙনদনা অৱা হক্লা চোকলবগী থুনেৎ মিতম লাক্লা লাঙ্গোই শাথোঙমদরে হায়য়ে। অস্তুম

য়োইময়াই তাউদনবস্তুং মুমিৎ থোঙলেনখমনা অঙানবা ময়ুম চংখিরে। অমমশিকা নিরুবদা কোংগৌ থোইনা নোংথোইরে। হে ওঙ্খোকপনে! ইমুং মাগী খোমলেন মঙলানচানগুম করম লাম্নংরবনো? নমু কনাগুম্বা অমত্তগী য়াবা মখোঞ্জেনবু নাতাদরে পামেন উখোংখাদা করম লাম্নংলরবনো হায়না নোংথোইবিঙৈদা অসাইতৈগী মদাইরেম চিত্রগোল অহৈবস্তুং চীংঙু নোংদম মথৌখা নিংথৌ মরুমপানগী মুংঙাই মরাংকাইনা পানও হায়ববু শুজিল্লরুবগী নিংথৌ হৈনা মতুং ইননা মার খোগুল লীরকয়ে। পামেল উখোংখাদা হাননা লমওকনকরে, মালেম লৈদাপকনা পুরুমলবগা অপন্দি নিংথৌরেম্না পাউহৎলকয়ে। "হে ইদাইরেম নমু পোংওইবা নংবু কনানো নিংথৌ ঐগী অৱা হকনা চোকলবদা তানকংলবা নংবু কোলোই নমিংথোঙবু কয়ি কৌবনো'" হায়না পাউহৎলবদা চিত্রগোল লাইয়েক হৈবনা শমু মখুৎ লোননা পাউখুমজরকয়ে। "হোই হে নিংথৌ লৈপাক মপু ইবুংঙো তাও-ও! নদাইরেম চিত্রগোল য়েকহৈবা কৌবদি ঐনে। নাদাইরেম ঐবু উনবী পুক্রিং পরৈশেপ পুকমুং থেংগাই লাংশেমববু নত্তে। নদাইরেম ঐনা শীংলেন লৈথেৎহৈয়ে হায়ববু নদাইরেম নিংথৌনাক্তা খনবশিংনা পাউতাকপিদবগী অসি কোরৌ মুমিৎমদা চীংঙু লাইরক ফনা নিংথৌ সনা নখোংখাবু তানফংজরৈয়ে।" অসাই-তৈগী চরৈ ফিয়োম নীংখিববু মালেম লৈদা খানা মাল্লৌ মইনফিদা নিংথৌ ফমফমহল্লবগা খামু চরৈ কিশিথোকনা নিং-থৌ সনা খাদা কচ্চরে। অপন্দি লৈমাবস্তুং তৱা পুক্লামনা অৱা হকচোকলাংলবগী য়ুবী মহৈ অথুমববু ইয়োংলে। পানা লায়াৎ তৈবুবু কা শুংদাই থাইনা শুমু গুরুপুর য়াইদা চননা পানা চহুম হারবগা—"হে ইদাইরেম চিত্রগোল অহৈবও! নিংথৌ ঐবু লমলক নাপীরক অসিদা ইদোম অৱা হকনা

চোকলবদা নিংথৌ সনা ইথোংথাদা থৌখনবা নংবু থৌকাওরোই তৌইগুম নহৈ নত্তিক য়েংনা তাইবং নমু পোংওইবলকতগী অপাম পুক্লিংহুবা মিৎয়েং থুডম হোংনীংদবা অমত্তবু য়েকফা-রকও।" অসুম পাউমেলমবগা ইমুং কৌবা শোইরকলবদা নিংথৌ লাঙ্গোই খোঙওইননা চিত্রগোল মাঙদা চৎনা হনবাই-রক্লে। মদাইরেম অপন্দি লৈপাক কোইবা পুমনমকস্থ য়াংলৌ লমখাঙমদা লমওকঙাময়ে। কাওরেন শন্নাও মচানা মানবী মপী থিবগুম নিংথৌ তাংজ খোংখূল লীনা ওকঙাময়ে হায়দবরা। বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনস্থং মুংঙাই মরাং কাঙ্গৈনা সনা মরৈপাক্লা রাইথুংলরে হায়দবরা। নিংথৌ থৌজান মহৌশা অসাইবৈগী মদাইরেম চিত্রগোল লৈয়েকপবু পাউকৌজিনখিরে। মালেম লৈসনা অঙাংবা কোরৌ নোংলুপান অঙৌবনচিংনা তাইবং কোইজপোৎ অয়ামববু পীনখিয়ে হায়দবরা।

চিত্রগোল অয়েকপনা নীংখনখিয়ে। নিংথৌ লৈপাক মপুনা অপাম পুক্লিং চংবা অমত্তবু য়েকফারকও হায়বা অসিবু মতৌ করমববু য়েকফসিবনো তৌইগুম চীংঙ নোংদমখোনগী পোমবী উচেক পুন্নমকনা চেক্লা মহিশাংবু মপাম্নৈয়ে। য়াওরৌ শা পাথংনা শারেন মহিশাংবু মপামনৈয়ে ঐখোয় তাইবং নমু মীওইবস্থ নমু মীবু থোইনা পামঙেনে। শাংলৌ য়েল্লাংচান্দি কোয়ৌ মুমিৎ থুদিংগী য়েল্লাং মথন অনি চাবনা নোংলেম্নৈ-য়ে। তরা চা-ময়োনস্থং অয়ুক ঙন্না চারবস্থ মুমিদাং তননা লাময়ে। মুমিদাং থেংনা চারবস্থ অয়ুক ঙননা মরাময়ে। নমু পোংওইবনা মুজা লাংজেং মথোক্লকপীবু হেননা পুকনীং রাইথুংকস্থ হৈনা লৈতে মুজা চেংলৌ শকহেনবীবু য়েকফাগে হায়না পায়মা উনগোইমুংদা বিশ্বকর্ম্মশিনহৈববু নীংজরে হায়য়ে।

লোইদাম থা অমা থাপ্পা লমদগী বিসায়া মপুংয়াইদা তিঙ্গা হাওশি ঙমজিংবা ধনপতি লনমাবা কুবের লম্নিংথোগুমবগী মহুইরোন লৈমা চন্দ্রগন্থ কৌবী লৈক্ষপতি চেংলৌ শকোইহেন-বগী তাল্লোই মরুপ্পী লৈমা মাবু হেন্না চেংলৌ শকথোং-হেনববু অমা লৈতে। মুক্তা মীওই চাংথোনয়ে। তাইবং নমু পোংওইদি করিবু হায়সিবনো অৱাং নোংনিংথৌ চীংদু নোংথৌ সোরারেন্না মিৎয়েং শানখৈরবস্থু অপাম পুক্লিং লেপঙমলোইয়ে। লৈমা মাবু য়েকফাগে হায়না চিত্রগোল লৈয়েক শিনগুবদি তরা চেংজেন তমনা যাত্রা খোংশাল্লকক্লে হায়দবরা।

বিদ্যাধারি অক্লেনবীনা পাউমেনখিয়ে। হে ভোজ নিংথৌ-রেনও! উনবী পুক্লিং পিনা নাতাও। ধনপতি মহুইরোন লৈক্ষপতি মরুপ্পী মুনি লাইবু নীংবচা লৈমা নিংথিবীদি নমু পোংওইরিবা মখৈনা অপাম পুকনিংগুম মুক্তা লাংজেং মথোকলকপিশিংনা উরবস্থং মিৎয়েং খুভম হোংনিংদনা পাউশোম্নরিবী, শক সনা থম্বাল লৈওংনবী অহুবু চিত্রগোল অয়েকপনা য়েকফাগে হায়বগী সৈ-ন্যাসি চেংলৌ মশক লৈনাশা মালেম বিভূৎতৈ শম্নাং তারৈ য়েৎয়েৎননা নমু মীবুক শুমনা ধনপতি লনমাবা কুবের লন নিংথৌগুম্বগী সনা মরৈপাকপু ইন্দাল্লক্লে। লৈক্ষপতি নিংথিবদি তিঙ্গা লনওন চৎখিবা হৈনা মতুং থোকপদা সৈন্যাসি মশকশাবা চিত্রগোল অহৈবনা বিসায়া মপুংয়াইদা বাইখুংলরে। ধনপতি লনমাবনা সৈন্যাসি মশক য়েংনা কাওবীচিগা লুক্কা পুরুম্নগা শমু মথোংমাবু লাইজ ঈনা চান্নবগী স্থানচুংত থানা ফমফমহল্লে শাংলেন প্রদিপতৌ পানা তপ্পাইশেম্না য়োইখানজরবগা কো-লোয় অমেওবনা পাউহংলকয়ে। "হে সৈন্যাসি খোয়ুম লাইবু নিংবও! মাইকৈ লমদম কদাইদগীনো লোইদাম থাবুম অমবু

তরা চাকহেনবগুম চেংলৌ মিংশা তাময়ে হকশাং মঙমশোয়য়ে” হায়না পাউহংনরে। হে ইন্থইরোন সৈন্যাসি খোইয়ুম লাইবু নীংববু সেবা য়োইখানজরবদি পুইস্থ মহৈ চাওভৈনে হায়না পাউমেল্লবদা মহুইরোন চন্দ্রগস্থ অহেনবীস্নং মমান কোলোই ময়াথংবু লুদাখোংনা তরা চাখোংগে নীংলবদা — হে ইমোম ইন্থইরোন নমান ঐগী মচিল নমানে হায়না নীংজরিব-ও! ইপারি মুংজানবস্নং হৈজা অওই থিথিয়ে। তাইবং নমু মীবুক খঙমদে সমুদ্র লাইজ ঈয়েনপুংদি শীংলেন থরোথোকনা পান্দমনৈয়ে। মালং অয়াংবস্নু খোইমা নাপী লেঙবনা শাখি রাচুমনৈয়ে। নমু পোংওইবগী পায়মা উনগোইস্নংদি খঙমদে ইন্থইরোন শমু নহকশাংবু চরৈ পশোৎ অঙৌবনা হকশাংপুন্না য়োম-ও। লবাই কোইরেনথকী হৌনা শমু নখুদোনবু উহন-গনো হায়না অস্নুম চরৈ পশোৎ য়োমলবদা লম্বোই মাংদা ফমমা রাহমজথিয়ে। হে সৈন্যাসি ইবুঙো তাও-ও নদাইরেম ঐগী ঈরান য়ুমলেনস্নংদা চংনা খুয়া উফুল তাবী-ও হায়রবদা চিত্রগোল খোইয়ুম লাইবু নীংশিন্নবনা হে ধনপতি লমাবা-ও নংস্নং তাংজ নরাইলোংনা মিৎয়েং চোইনা য়েংফরোইয়ে। লম্বোই ঐস্নং চীংঙু নিরঞ্জয় থোঙ্গখোইববু পুক্কিং লৌকিনগে। লম্বোই ঈহৌশাগী মুজা চেংলৌ শকহেনবীশিংবু মিৎমৈ তো-রানথানা মিৎলু কোল্লোঈ শাজেল্লাংবু লাংদমদয়ে। পুকনীং অপামববু খঙদে হায়রবদা বাসিয়া মরান য়ুমলেনস্নংদা চংনা তরা রানহৌফমদা ফমলরে। লৈমা নিংথিবীস্নং য়েল্লম মথেন তৈনাশেম য়েল্লাং মথল য়ামনা লম্বোই মমাং শংশংবা লুক্রেন-পামনা হারিভৈ লম্বোই লাইনিং মীনমচেনবা পুক্কিং কোঙ্গোই লাংশেম্বনা চেংলৌ মিৎচিতোম্না য়েংজিনথিববু মুজা উনবী পরৈ চেৎপীগীনা চরৈ ফিথুংশা কুরাক হুমদং মানবা পশোৎ

পুম্নমোম ভরেৎ শেনখাও তুগুম হকশাং পুম্না খুম্নবনিগীনা মিৎয়েং তেনবানফংদে। চিত্রগোল সৈন্যাসি শাবনা ঐদি ভাল্লোই ইরুমবীবু নমদহুন পারি ইমোমশিংবু নাওয়োকতনা লোইদাম থাবুশি মুমিৎ শীংবুময়াম তরা চাবুকলাম শমু হকশাংকংনা মীরম অথাপ্পা অসিবু ইম্দাল্লকপদি শীংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে। মুজা পুক্লিং পরৈ চেৎপীবু করম খোকলররবনো কল্লকয়ে হায়না শোনমোইজয়ে। নমু মতৌ ভমথিবা অসিবু রাঙমলোন থিংবা ফাবী থৌশিতেন মথংলেন নোংবান কাগুম কাদেংবা য়াহৌকাঙনা শমু খোঙগা তম্না পাই-শিললকপগা শাক্তম অহাংথিনা চীকপা তুগুম থৌরম চেনফদনা খোকলরে। রারম মতৌ অমস্তুং নিংথৌ সনা কাখনমুংগী তেংনৌ পল্লোন খানা থমবস্তুং পম্বৌ লাইজ ঈহুনেনোংগীবু হেনফদে। খোংবান লাইরম শাবস্তুং লাইওকতে। খাক্লং য়ুমোঈশাবনা লাইয়োকয়ে হায়বা লৈরাং মতম মানগুম শিনৌ মোঈতাং ভরেংয়োৎকুম চুমখোইরবী চন্দ্রগম্ব নীংথিবীস্তুং পনথৌ লাইজ ইহুম্নোং পলেম পীখোইরেনগীবু হেনফদনা তরা রানথোংফমগী হুনরাইরকপদা চরৈ লংলামা লংগুংফিদাই তৎলবগী শমু খোঙনাওতোন অমত্তবু উথিরে। চিত্রগোল লৈয়েক শিন-শুহৈবদি পুক্লিং হরাও চংলে। মুজা মীওই চংখোনবী অসিবু মুকমৈ নারিন শোননা অপন্দি ইনিংথৌদা কৎলুরবদি নিংথৌ পুকনীং হরাউ চংঙৈনে। ইহৈ ঐগী শিনগুথোইবা অসিবু য়াঙনা তানফংলুগে হায়না নীংলবগী তরা লুকমাই শেমববু শমু নমশেননরবগী ধনপতি লনমাবনা "হে সৈন্যাসি খোইয়ুম লাইবু নীংবা-ও! মতৌ নীংথিদবা কবিগুমবা য়াওরবগী পুক্লিং খৌথাক নাইরবগীরা ইহুইরোন নীংথিবী অসিস্তুং চীংঙ্লাইগী মঙুং তমনা চুমজরিবনে থৌখন অয়োনবা করমববু লৈরবগী

তরা চাদংবীদরবনো পুকনীং অরা চংয়ে লুক্লেন পামনা হাবী-ও" হায়দবরা সৈন্যাসি মশকলৈনা শাবনা পাউখুম্নকয়ে। "হে ধনপতি লনমাবা-ও! পুকনীং খোখাক নাইববু লৈতে চীন গোই নয়াথং অথুম্বগা নহুঈরোন সেবা মথোখনগা উনবী ঐবু পুকনীং পেল্লে পুকনিং অবাববু লৈরগুনো" হায়না ঙকথি লুমলংকোম্না কোলা কোলি খোজাননরে হায়দবরা। ধনপতি লনমাবা তিঙ্গা হাওশি ঙমজিংবনা তাঙ্গা লীশীং তরা অমনা মানবী খুৎতপননা দান ধর্ম্ম তৌনা পীনরে হায় খোইযুম লাইবু নীংশিন্নংদি মরান ওন্দেখিরে হায়য়ে। হে ভোজ নিংথৌরেন-ও! বিদ্যাধারি চিনগোই ইয়াথংবু নাতাজও। বিক্রেমাবিত্য নিংথৌরেনগী মদাঈরেম শীংলেন লৈয়েকপদ্রি অপন্দি সনা মরৈপাক্লা রাইথুংলরে। খাগী চেবাকথক্তা য়েকফাগে হায়না গুরু সনা খুয়ারেনবু খুরুমলে বিশ্বকর্ম্ম শিনহৈববু পুকনীং লীতং নাইদনা নীংলবগা অসাইঙৈগী লৈমা শমু খোঙনাউতোন উরকপবু উনবী লৈনীংশিং চিত্ত পুকনীং লেপনা য়েকফাহোৌরবগী লৈমা চন্দ্রগন্থ নীংথিবীদি কোরৌ মুম্বিৎ অচ্চুঙৈগী হোহৌনা হয়ু পলেম পীশোল্লে হায়য়ে। নিংথৌ মদাইরেম চিত্তগোল অহৈবনা শমু খোঙ-নাউতোন অনিমগী হৌনা খুবোম থাঙথোংরম খুকলু কাঙ্গোই-থোংবু য়ৌনা য়েকফারবগী লৈমা চন্দ্রগন্থ নীংথিবীদি হয়ু থোইনা নাহে চল্লে হায়য়ে। ফৈগনমতা হেনবী পুম্মং মেনবা লাগুন্বী খাংপমসিথোঙবু য়ৌনা য়েকফারে। অস্তম মুশমৈ নারিন শোল্লবদা লৈমা নীংথিবীদি শাবা ভুখোংচুংশিনৌ কুরাংনিম্না নিংথম হৈকোইচন ইমু শারোনথিৎনা অনা লাইথোইজিল্লক্লবগী মমাল লেংফাং মনীং লাক্লৌশিন খাবী য়োম্লোই হৌ অমাই য়োমদাং-শাংনা মমাল অনিমনচিংবা অনা লাইকননরিয়ে। লৈমা নীংথিবীনা অনা লাইথোইজিলঙ্গক্লবদা মশাবী লৈক্ষপতি মুংজ্ঞানব

বু তেংথাননা মীকপলকয়ে। "হে শাবী ইবুংঙো নুজা থরাই মিরেনগী লোয়নবা লৈমা থরাই তুংনফম হে মাঞ পাম্মুবাও! নরান থুনা ওন্দেরকলো। লৈমা ঐবু পম্বো লাইজ ইহুনলোং পলেম পীখোইরেনগীবু ওইরবরা ?" "হে ইমান অনিমা ও! নপারি লাংবলতোম্বা ইপল ফৈরা তাজিনথক ইত্ত লোক্লৌ তাজিনথোংগী লমওরুববু মুরা খুদৈ মাইতৈদা চোমলাং কাউবী ললহোংদরিয়ে। শাবী চেংলৌ শকউনদনা করম অমন খয়ৈ কুম-থিসিবনো শমু খোঙনাউতোনগী হৌনা খ্বাংকিথোংফমগী মথৈ উরাই কংগুম মশিঞ্জিললকলে। হে ইমাল অনিমাও নহুইরোন ঐবু মতৌ করি ওইসিবনো" হায়না মীকপখিয়ে। কোলোয় শঙ্গাই থনবীশিংমুং লৈমা মজৌয়েংনা মীকপখিয়ে।

মমাল অনিমনা— "হে ইহুইরোন নমাল ঐগী মচি লন মরুবু ওইনবী-ও! নমাল ঐনা মালেম লৈসনা অঙাংবনচিংনা থন লন অয়াম্ববু পাম্মুদনা খাবী মথিনাই অমাঙ্গ মরাংহৌহনগে হায়না পিরেম থকমাতানা— হে খাবাথিয়াথৌ ইবুংঙো তাও-ও! খাবা নখোয়বু মথিনাই অমাই নরাং হৌবী-ও হায়না খুদাং পিফমতৈনা পুরুমজয়ে। ইপারি লৈক্ষপতি মুংজানবা হৈনা মতুং থোকপা অসিদা ইহুইরোন নীংথিববু করম থাদোকসিবনো" হায়না খাবা পায়মা নিংশা থিনগামনা খোইয়ম লাইমিংশোনন। লাইকনজখিয়ে। মমাম্না খোইজি মিহুনয়েংনা "হে ইমোম ইহুইরোন পাম্মুবীও! নঙবু করম তৌরসিবনো ? ইপারিবু চেংলৌ শকউনবগীদি কদোকৎপু নত্তে" হায়না শমু খোংবু খিম্না মীকপখিয়ে। খাবী লেংনা তিনবা অমাই লাকলৌশিনবশিংদা হম্না হম্না পুরুমজখিয়ে। "হে খাবা খিয়াথৌশিংও নখোয়বু চীংঙু লাকথোক-কা খোইয়ম থোংবান রাইববু লাইরেকপিগনো" হায়না খাবী মথিনাই অমাই মরাংহৌনা

তুমুংলংলা পুনগুম অসুম লাইকমরিঙৈগী অপন্দি নিংথৌ মদাইরেম চিত্রগোল অহৈবদি অরা চৈরেপ নাইদনা মোমু পুকশি হুইথাপরম থাবা লীকয়ানফম থাগী লংনা পুন মুকালানা য়োম কোন্দোল হৈনা লংনা য়োম মহু নিংথৌ শেনগোইহৈ মমাল মচা চাননহৈ খোইনৌ মতা শানফোংহৈ অনিমসুং য়েকফারে। কোনখু নিংথৌসুং মোমমু তেম্নাং মনীংখাফনা ওনথি নৈগুম পান্দোম মতাহেনবী অনিমসুং খুবাক নারিনসেন হিংঙোন নারিন য়েককুমবী খুদোন চম্পাকা লৈহাও মানবী খুজিন রিক্ষা পিশিংতোন শমুলেংলোইতোনগী মথৈবু য়েকফারবগী লৈনা অনা লাইপোৎ ফাজিল্লকলে। মোমমু খৌরি চাকয়োৎলর ঙকশম মতাহেনবী নারি নাপোমথোং নাপ্পা কোম্বোল্লম চীনবান মোইখাইহেন শাবল তয়াল হৈগুমবী য়ারেন মতাহেনবীবু পিগুম পাকোইনৈ কমদেব লেরুংকোনগুরবী লাইবক খেল্লাইথোং মুজা শম্নাং উয়োঙ মৈথোকপী তাংজ মরুতোন হকশাং কাবুম অমতবু থাক্তনা য়েকফারে হায়দবরা।

অসুম নৈমা নিংথিবীবু থরাই মপান ফুক্লা য়েকফারবগী হা-হা চন্দ্রগপ্ত নীংথিবী লুপা য়োইথমবালগুমবীদি অনা লাইপোৎ ফারক্লবগী তরা লৌচেন পোৎথোন ঙমঙমদবা মথক্তা লাংবন উয়ুং শীংজংপোৎপু তোপহৌবাতুগুম্ববু শিংলী পাফনতিং পায়মা ইথিন চাওনা কোংবা লৈরেন পোৎকুম থেনঙমদরক্লে। থাবী লেংনাতিন অমাই নাক্লোশিনবশিংদি থৌরৈ য়োৎকম্বী অশাবদা তিনবী লুনাইদবা কাঙমদবা তুগুম্ববু মন্ত্র লাইশোন চমনা খোইবা লীরৌ থোকঙমদনা পায়মা নিংশা থমগে তৌগুম্নক্লে। নৈমা নীংথিবীদি শীংলেন নৈক্ষা খুইনা নৈরাং নৈখোক লোইরক্লে। চোম্নাং কাওবী মনাশি অপানববু শমু খুত্তা পায়না মপি পিরেম লোইথোনতানা চীংঙদ হরি খোনগুম য়াবা খোঞ্জেন

মিনা পাউমেল্লরকয়ে। "হে ইবুংঙো ইমান ইবেম্মা অনিমও! নপারি মুরা খুদৈ মাইতৈদে চোয়াং কাওবী ইনাশিবু লনহোংদরিবীনে। শাবী ইবুংঙোগী থৌজান ইরেন পুংগুমববু থৌজান মতোললোয়া পানমম্নগুনো হায়না চৗংঙ্ মথৌথাবু নোংদম হেনফরোইয়ে। হয়েং জগ্ম মপোক অমরক্তা তয়ুম মনাই ওইনা সেবা থৌখনববু লেপ্পা তানফংজগে হায়রময়ে হায়না পাউদমবীরৌও। তাইবং নোংশাপান নমু পোংওইবা পুমনমনা মপারি শাৎনবনা মরান য়ুমঙাক্লৈয়ে মমোম ফুইবনা মীরম অথাপ্পদা কাওজানয়ে। ঐদি ইপারি ইমোম শাৎনা ফুইনদরিয়ে। মুজা লৈরাং ইল্লুৎশিননা কনা য়েংনা মুংশি অরা পোত্থানরৌগবনো। হে ইমান অনিমও নপিঙঙাসুং চৗংঙ্ লাইবক থীরে শাবী ইবুংঙোদা য়োইবনাই চোয়াং কাওবী ইনাসি অসিবু লমওক্লবীও। হে ইমান অনিমা-ও পোইরৈ থৌকাউবীগুনো" হায়না পাউমেল্লয়বগা পাইমা নিংশা থম্না চৗংঙ্ শ্রীরাম নামুংবা সনা মখোঙথাদা কোরৌ ভক্ত ওইথিরে হায়দবরা।

মমান অনিমনচিংনা তয়ুম নাইজ পুম্না তিন্না নহান্নুবী হনমু হনবা থাক্লনা মীকপনরে। হে ইমোম ইবেম্মা মুণি লাইবু নীংবা চম্নু চন্দ্রগম্ব নীংখিবী নদাইরেমশিংনা লৈমা চেংলৌ শকপাম্লোঙ পায়মা নরিনজেন কোলোই নয়াথং অল্লমমকপু মালেম কোইনা থিববু থঙলরোই। ইপারি লৈক্ষপতি মুংজাননবা হৈজা অওই থিখিববু মরান য়াইথুংলবগা মালেম লৈদাওম্না মীকপ্পবু করম য়েংও হায়না নোংদমলরবনো। ইল্লুইরোন নংবু হাওশি মংখিনহিরোই তোংজেং কুয়াই চম্না মংলেন য়াহিপহলহিরোই নমান কোলোই ইশঙ্গাই অসিদা থিংলৌ চাওবা য়াহিপনা লাইরেল শাংবা য়াতানানা ইপারিবু ঙাই-

থমথিও। য়াবা শুজানম তিক্তা লাইকোই অঙৌববু লৈমা থোংহিগুনো মকেং হাথহিগুনো হায়না ইবাং পুমফালোননা লাইজ শান্দেংলবগা অমন্ থাংঙেনচম্না চরৈ মাইথনতৈ তেৎনৌ য়োংলিথিংনা ভাইথমথিয়ে। তয়ুম নাইজ পুম্নাতিম্না মীকপথি। হে লৈমা নীংথিবীও নদাইরেম ঐখোয়বু নংনা পোকপা নচাগুম থোজান তাইহেন নাইদনা লাংগোনবীবনে থমনুং মপুংয়াইদগীবু হনবাইরকও। বাবা ফেরে লাউবা কম্মাংচীং থুনু মীশা তাম্বা লুরুকচীং থোইয়া উতংপোক থমনুং কোনফু নোইফাচীংগীবু হনবাইরকও। নমান কোলোয় ইশঙ্গাইবু হেনথিহিগুনো তাইবং মালংকানা থমগোল অনৌবত্তুম লাংলকও নদাইরেম ঐখোয়বু নংনা পোকপা মচাগুম অমরক হন্না নাউয়োকপির-ও হায়না মীকপথিয়ে হায়দবরা।

তাইবং মীকপ চংথোনবশিংও লৈমা নীংথিবীসুং কোম্না তাইবং মালংকানা তোলোয় মহৈচানা লেপনা তানফংলঙৈনে। থালৈ লৌনা ফবদি কৈরেন হাপশা কৎপনা শাথি বাচুমনয়ে। লাইজ ইরেনপুংগী অসুপ অথেন থঙনবদি শীংলেন থরো থোকনা পান্দমনয়ে। নমু মরিঙ্গেন্দি কোম্না মহৈ চাবদা থঙনয়ে। লৈমা চন্দ্রগন্থ অহেনবীসুং তুংকোৎ মহৈচা তোলাই মনা পুংববু পাল্লগুনো মমান কোলোই মশঙ্গাইদা অসুম লৈঙ্কহল্লমখিগে।

অসাইঙৈগী চিত্রগোল শীংলেন লৈয়েক শিনগুবনা থাগী চেবাকথক্তা লৈমা নীংথিবীবু য়েকফারগা নিংথৌ সনা মথোংথাদা কারক্লে। লৈমা নীংথিবী থাগী চেবাকথক্তা য়েক্লিবী অহুবু থামু চরৈ নীংথিবনা য়োমনা মরান থোগাথিরে। ফৈদা

নাইক্কা থোঙথৈ ফম্পশিংনা নিংথৌ সনা য়াথ' তারুরবগা য়াঙনা পাউকৌজিনখিয়ে।

চিত্রগোল অহৈবনা নিংথৌ সনা মখোংখাদা থামু চরৈ ফিজিথোকনা চন্দ্রগুপ্ত নীংথিবী থবায় মপান ফুক্রা য়েকফারকপীবু নিংথৌ সনা মখোংখাদা কচ্চখিয়ে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেম্না চরৈ ফিতুপ হাংনা মিৎয়েং শানখৈরবগা পুক্রিং হরাও থোইনা পাউহংলকয়ে। "হে ইদাইরেম অয়েকপও! কোরৌ নোংনাংপানগী ইন্দ্র শোরারেম্না কোরৌ নোংজা হাওদনা নর্ত্তকী জগোই শানবী বিদ্যাধারি অহেনবীবু শোইনদনা নীংথি পুক্রিং হুবী অসিবু মায়গৈ করমবদগী থিখঙরুবনো। ইদাইরেম নংদি পায়মা লিন্দাং শাংয়ে মুকমৈ নারিন শোনববু করমলোম্মা তৈবনো তয়ুম নংদি কোরৌ নোংদমখোনগী বিশ্বকর্ম্ম শিনহৈবগা লৈরাং মশুং মাম্নেয়ে। নংবু নিংথৌ ঐনা তয়ুম ইনাই ওইবদি নিংথৌ ঐস্নুং চীংঙু থোইনা লাইবক ফরে" হায়না সনা চংলৈরেম লুপা থেনমাই লাংনা তয়ুম নাইশমশাং কাওরেল শজশিরাক লাঙ্গোই মশীং য়ামনা তাইবং কোইজপোৎ পূয়মবু রাংপা নাইদনা পিনরে হায়দবরা। চিত্রগোল অয়েকপদি নিংথৌ মরুমপানগী মুংঙাই মরাং কাইনা পাল্লে। মরাজ য়ুমথু মনিম্নাই য়ুমলেন মরাঙহৌনা শুনাই হাপু ফানা পাল্লে হায়। অপন্দি লৈমানদি চোইনৌসনা পুম্না লুপলবগা কোল্লোই শঙ্গাই তৈনা শান সতী শকওং লেপ্পীবু উপু চাজুমমুংদা হাপনা কোল্লোই শঙ্গাইমুংদা থমলে। উপু চাজুমথিম্না "ইদাঈরেম ফৈদা নাইফানহনবাও নমুমীরাই অমবু চংহনফয়োই নিংথৌ পেৎলন অচেৎপা অসিবু চেংলৌ মিৎথিৎলবদি নিংথৌ দণ্ডিরোইনা থাঙলেন কোমশৎনঙেনে" হায়না বারকথিয়ে হায়দবরা।

অসাইৎৈগী ধনপতি লনমাৰা মপারি লৈক্ষপতি অহেনবস্নুং কোরৌ নোংলুপান মালেম লৈপনানচিংনা ধন লন অয়ামবা পুন্নমবু তিঙ্গা হিপোৎশেমনা মন্নান ওন্দেরক্লে। মন্নান ৱাইথুং-লাইদম কোরৌ মুমিৎমনা ঙাইরবগী য়াংলৌ লমথাংমদা কৌবা য়াফমতা খোয়েন মমঙচান্দা মরুম নোংমনৱাবু খোম্নেন মঙখৈ-নরবগী মিৎয়েং মতাই থিঙমদনা মুংশি পুক্লিং চংনা পাউমেল্লকয়ে। "হে বাসিয়া ইপাতাওশিংও তয়ুম ঐগী নাইন্নুংচং নখোয় পুন্নমবু নাতাও। ঐগী অসি খোমলেন ইমঙচানবু থৈনা ফত্তে। ইপন কোল্লোই মশঙ্গাইগী শুগাই মুংনাংপানগী লৈমা ইশানৌবু মালং মখিনাই খমগোল মরাংহৌবনা ইশানৌ নীংথিবীবু কোরৌ নোংনাংপান্দা হুমখিয়ে। মশাবী ঐনা শমু তুংইন্ননা তানখিববু শমু হক্শাংদি তানফংদে নমু মীথোঙচীনওইবা অমদা চরৈ মনমথাংবু য়ানঙময়ে। নমথাংথাদা কোন্না হনৱাইরকপবু খোমলেন মঙথৈনরকয়ে। ইপন মন্নানয়াইদা মতৌ করিগুম্ববু থোক্লরিগবনো লৈমা ইনেশ্মচা মপন মুণি লাইবু নীংবা চন্নুস্থ কোরৌ অরাংনোংদা মরান মুহোং খোঙদোংলকপিবু লোইদাম থাওন্দরিঙৈ তিঙ্গা লনওনবা মচানিগীনা হৈক্ত্বা অওই থিনা তিঙ্গা লনওন চংলকয়ে। হৈনা ইতুংথোকপদা ইশানৌ নীংথিবীবু মতৌ করি থোক্লিগবনো? পুক্লিং ঐবু অৱা চংয়ে সনা ইপুংয়াইদা য়াঙনা ৱাইথুংলসে" হায়না তন্না থুংপুনপিরবগা মপন সনা মখোংথাবু ইন্দাল্লকয়ে হায়রে। পম্বৌ মপা মমা অনিমদি কংলৈ মশুমাংদা খুবাক লাইথনশা মাইগৈ লমদম য়েংনা মপারিবু লমওকঙামযে। মপারিগী চেংলৌ শক উবগা মুংশি ঈথক হৌনা থিংঙেন লাইজ ইনম খাইগুম "হে পারি ইবুংঙো চীংঙু লাইবক থিবা-ও! ইমোম ইন্নুই-রোন নীংথিবী নশানৌ মুংঙানবীদি অমন থমলৈ কুমঙাম্নে। নপন খরাই লাইকনফিনা কনঙমদা ইমু শিয়োমলানা য়োমঙমদরে

মোংবা থাঙলেন লুথুম থাঙবু শংনা লাইকনঙমদরে। পারি ইবুংঙো করম ওইসিবনো” হায়না মুংশি হিকহায়ননা পাঙ্তমেঙাময়ে। মপারিনা নাতারবদা পুক্নং মথোংমম লৈচিনসেকা উপকুম মুংশি পুক্নিংফুন শমু হকশাং তাউনা মালেম লৈতাডুনা কংলৈ নঙুমাং ওন্না ওন্না মীকপথিয়ে। হে লৈমা নীংথিবী ইমান লাইবু নীংবা চনুও! থবায় ইমিরেনগী মুংশি তংতয়েনও। নশাবী ঐদি লোইদাম থাশিং য়াম্না হৈজা অঙই থিরুববু কোরৌ অসি হুমিংমদা ইরান রাইথুংলরে। লৈমা নংদি, ঈপন কোল্লোই মশঙ্গাইদা থিংলৌ চাউবা য়াহপনা লাইরেন শাংবা য়াতাননা নোংমঙ্কামলে। নশাবী ঐদি মুংশি কনা য়েংনা পানঙ হায়রমলবনে। অর কনাগা পোথারসিংনো শানৌ নংবু মুবা খুদৈ মাইতৈদা চোমলাং কাওবী লকহৌং-দরিবীনে। নশাবী ঐদি মুংশি মতৌ করি ওইরসিবনো?” হায়না চীন সনা থম্বাল মোইকায়চুপা মীকপথিয়ে। অনৌবা অমরক মীকপলকয়ে— “হা-হা চন্দ্রগন্থ ইনেম্মচা মুংজানবাও! নংবু য়াবা থোঙ্গেনবু করমনা নাতাদরবনো মুংশি ইপিণ্ডাগী মতৌ অসুনবু তাইবং নোংশাপান অসিদা অহিঙুনা লৈরবোইয়ে। কোরৌ নোংমথা মালেম লৈনেমথক অসিদা শানৌ নংবু লৈতনা তাইবং কদৌনসিবনো? নশাবী ঐমুং লৈমা হৈনা নতুং ইম্না মারনা নংগী নখোংথুংবু লীনা লোম্লগে। নমু কনাগুম্ববু মিংয়েং চোইনা য়েংফরোইয়ে” হায়না মীকপলবগা “হে পম্লৌ ইপা শাৎমাবাও! নপারি হৈনা ইতুংথোকপদা মতৌ করি ওইনা অনা লাইহৌখিবনো?” হায়না পাউহংলবদা পম্লৌ মপা শাৎমাবনা নাহম্নোংগী চিত্রগোন খোইয়ুম লাইবু নীংশিন্নবনা লম্বোই মশক লৈনা শানা মরান য়ুমথুংলকপদা তরা ঙাকোনোংগীবু রারম পন্দোন লোমনা পাউতাক্লে হায়দরা।

অস্থম পাউতাক্লবদা মপারি লৈক্ষপতি লৌশিংবনা পনথৌ কোল্লোই মপাউ তাবদা থাগী চেবাকথক্কী মশানৌ লৈমা চন্দ্রগম্ব নীংথিবীবু শংশংতানা খঙবগুম হায়রকয়ে। "হে পম্বৌ ইপা ইবুংঙো পম্বৌ কোল্লোই য়াথং তাবদা নপারি ঐনা নীং- থনবদি লমবোই লাইবু নীংবা নারিরোইয়ে। নমু পোংদমথি পায়মা লিনজেন ফত্তববু নরিঙৈনে" হায়না খোমলেন মঙলান- চানগী রাবু রাকাউদনা পাওমেললকয়ে। নমু লিনজেন ফওনা পুক্লিং কোঙ্গোই লাংশেমববু লেপনা ওইরিঙৈনে ইপন নপিং- ঙানা খঙলৌদরবনো নহুইরোন থবায় মিরাংপানবু রাকয়ৈ লাইজি তৎকুম মানা লেপনা পুখিরবনে। নপারি ঐদি নহুইরোন থবায় মমিরেনগী তাংজ খোংখুন লীগে হায়না পাউমেনখিয়ে। নহুইরোনগী থবায় মিরাংপানবু থিঙমদবিবমখৈদি থীংলৌ নীংনা তেনা হনম্বাইরক্লোই হায়না পাউমেল্লবদা মপল অনিমনা পারি ইবুংঙো তাও! হায়গুনো নপল ঐনা পারি লৈরাং নমান্নববু কনা য়েংনা পাল্লসিবনো? ইপারি অনিগুনা শাত্তে ইহুইরোন লৈরাং মতম মানবীবু হোইথিঙৈনে হায়না থৌথামঙাম্ববু হোয়য়াদরবগী অতুনিগীদি স্তয়ুম নাইম্মুংচং মঙাদংবু পি সনা মীপোৎ শেমনা লোয়নাখিও হায়না পাউ- হংলবস্থং হোয়াদে। "হে পলেম পম্বৌ অনিমও নমোম নহুইরোন পায়মা নিংশাখম তিলপান খোকমৈ নেমলবী অসিতুম নপারি ঐনা ইরান ওন্দেরকতরিমথৈবু হাওশি মঙখিনহিগুনো শীংগাই পাউহুলফরোই খুমুং পাওতাকফরোই বাংলেন পুংহৌ- হিগুনো। শানৌ ইনেমচা নংস্তঙ য়ারা শুজানম তিক্তা লাইকোই অঙোবা লৈনা থোংফরোই" হায়না রাহুমগা কোরৌ নোংলুপান অঙৌবা তাঙ্গা তরামঙাদংবু চরৈ ফিজিকিনা খেল্লেন মতম য়েংনা যাত্রা থোঙশাল্লক্লে। অস্থুম অপল্দি সনা লৈপাক

মুংঙাইবা লোইদাম থা অমা থাপ্লবু ইন্দাল্লকলে। লম্ৈাই তাংজ খোঙখুন লীনা চীংলেন অঙমকা পামেল উরকচৎ লমদো য়ারেক নাইদনা অপন্দি সনা মরৈবাক্তা য়াইথুংলুবে।

লৈক্ষপতি মুংজানবদি খোইয়ুম লাইপোক শৈঙনবা তাইবং মী-পোক অথোইবনিগীনা নহা মুৰী হম্ব হনবা অমতবু খাক্তনা চেংলৌ মশক উরিবমখৈবু মুংশি পুক্লিং চংয়ে। অহল মথক্কী উরবস্তু মপারি মানা পোকপবু ওইনা নিংয়ে। নহা মথাগীনা উরবদি মশাবী মত্থু নিংথৌ ওইনা নিংয়ে। লোইদাম থামচা লাংহৈ কুম মচাশিংনা মিৎয়েং শানখৈরবদি অপাম পুক্লিং চংনা মিৎয়েং খুভম হোংনীংদনা পলেম পীমচা ওইনা থোজাম্লয়ে। নমু মীপোক চংথোনবা লাংগোই শায়ামলক্তগী মুক্তালৈবা শাগুময়ে। নমু মীপুম অমতনবু মুংশি পুক্লিং চংদবা কনা য়াওদে। লৈক্ষপতি মুংজানবদি লৈবাক নিংথৌ পানবা অত্থুগী কাওরেন শলশেন্নহাশিংদ কানা মৈগা কুপনা লোনগোইখিয়ে। কাওরেল শলশেনবাশিংনা পাউশোম্লয়ে। তাইবং মীপোক চংথোনবা অসগী লৈরাং মমাম্না শীংলেন মতিকনবদি সনা অপন্দি ইনিংথৌনা কোরৌ মুমিৎ খুদিংগী উপু চাজুমহাংনা খেল্লা তাউদোইনরিবী লৈমা চন্দ্রগম্ভ নীংথিবী থাগী চেবাকথক্তা য়েক্লিবী অত্থুগা তালোই খাচিক্লনা পানশিন্নরবদি শীঙেল মতিক্লয়ে হায়না পাওশোম্লবৰু লৈক্ষপতি মুংজানবনা নাতাজরগী ফৈদা নাইফা থোঙখৈফম্বশিংদা শাতুং নাওরেংতোনগুম কানা মৈগা থুপনা চংখিবৰু নাইফ খোংথৈ ফম্বশিংনা পাওমেনঙাময়ে।" হে কনানো? নমু মীওনম্থোক নংবু নিংথৌ থাংলেন কোম্রশৎপা লাংগোই শরিথোকপবু শোং গীদবরা" হায়না পাওমেনববু। লৈক্ষপতি নীংথিবনা পুক্লিং অকি লৈতনা শমু মখুৎলোন মানবী খুতপনা হায়জরকয়ে হে

পঙ্গৌ লৈরাং মানবা নিংথৌ মদাইরেমশিংও। নিংথৌসনা শঙ্গাইমুংদা থম্লিবী অহুবু লৈমা ইশানৌতানে। চেংলৌ মিকুপ মরুমদবু মিংয়েং শানখৈজগে। নপারি লৈরাং মতম মানবা ঐগী চেংলৌ ইশক য়েংনা মুংশিবীও" হায়রবদা নাইফা থোঙখৈ ফম্বশিংনা "হায়গুনো হে শরি লৈরাং মতম মানবাও। নিংথৌ থাংলেন কোমশংপা লাঙ্গোই পারি থোকপবু শোংগীয়ে। পারি লৈরাং মানবাও চেংলৌ নংগী নশকয়েংবদি মুংশি পুকথোং মাঙয়ে। নিংথৌ বারম অরুম্বা হকশাং শিথিথোকনা লাম্নংগদববু ঙাকপিও। সনা অপন্দি নিংথৌনা নাতাখিরগনে য়াংনা হনবাইখিরো হায়রবদা লৈক্ষপতি মুংশি পোৎলুম পুরিবনা চবৈ ঙকতা ম্বেৎ ময়া নাপী চিক্লা পুরুমজখিয়ে। য়াথং হিকহায় হিকহায়ননা "হে নিংথৌ মদাইরেম চীংঙু লাইবক ফবা ইবুংঙোশা-ও নপারি ঐগী মুংশি মৈনা চাকপা অসিবু কোকপিরোই হায়রবদি খাংলেন নখোয়না চেপয়াম্নবীও সৈতা বাশক হোংলরোইয়ে। শানৌ ইনেমচাগী চেংলৌ শকউদরিবখৈদি ইরান ঙন্দেররোইয়ে" হায়না পঙ্গৌ কোলোই থানা "পঙ্গৌ ইপা তিঙ্গা লুচিংবা ধনপতি লনমাবগী মপারি কোলাই ইমিংথোংদি লৈক্ষপতি হায়না কৌয়ে। কোয়ৌ নেংলুপান তাঙ্গা তারামঙা অসিবু চীংঙু লাইবকফবা নখোয়না লৌবীও। শানৌ ইনেম্মচা মুণি লাইবু নীংবা চম্নবু মপন মরানয়াইদগী মরান মুহোং থোংদোংববু লোইদাম থাশিদরিয়ে। নপারি লৈরাং মানবা ঐনা হৈজা অওই থিখিবা হৈনা ইতুংথোকপদা চিত্রগোল অয়েকপনা য়েকফাখিঙামলবগী অমন নোঙ্গাখিঙামলে। শমু মহকশাংদি হাওশি মংথিন্দনা ইপন কোলোই মশঙ্গাইদা অমন থাঙজেন চলনা থমলময়ে। হে পঙ্গৌ লৈরাং মানবশিংও নখোয়মুং নপারি নমোম পোকপা মশেননে চেংলৌ ঐগী ইশক য়েংনা

মুংশিবীও" হায়না হন্না হন্না পুরুমজরবগী নাইফ থোংথৈ ফম্ব-শিংনা চেংলৌ মশক মেংনা মুংশিবাগী কোলোই ময়াথংবু পাউয়ায়ে হায়দবরা। থোংলেন নাতৈ কাংনা উপু চাজুম হাং তেৎনৌ ভংজৈশৎ চরৈ ফিথুপ কাংনা মিৎয়েং শানথৈরবদা। লৈক্ষপতি অহেনবনা মশানৌ থাগী চেবাকথক্কীবু ভাকথি লুম্নাং কোন খজাই লেংলোই চুপনা "হা-হা মুনি লাইবু নীংবা লৈমা চন্দ্রগম্ব নীংথিবীও! নশাবী লৈক্ষপতি নুংজানবা হৈজা অওইথি নোইনু মরন ওল্লুববু ইরান পিলৌ তেরক্লে। লৈমা নংদি ইপন কোলোই মশঙ্গাইবু নমদহুননা মীরম অথাপ্পা মীরাই অতামবা অসিদা করম লৈঙামলবনো। শমু নংগী নহকশাংদি ইপন কোলোই মশঙ্গাইদা থিংলৌ চাওবা য়াহিপনা লাইরেন শাংবা য়াতাদননা অমন থাঙলেন তমনা লৈরৌয়ে। লৈমা থাগী চেবাকথক্তা মুকমৈ নারিনশোননা চেকলা লাংদা থুবা চেক্লম করম লৈঙামলিবনো ?" হায়না মীকপলবদা লৈমা থবায় মিরাংপাননা মুজা মীওইসু মুত্তি শংশংওননা চোংথোক্লক্লে। মশাবী লৈক্ষপতি নুংজানবগী খ্বাংপমশিকোন মশানৌ লৈমা নীংথিবীবু ভকথি লুমলাংকোননা কোলোই শঙ্গাই মনিম্নাইনা মীকপ্পরে। চেক্লা পেনাৎ লীয়েৎনা "হে শাবী কোরৌ ইনোংথো নুজা থমোই লৈকোম্নুংগী মুংশি থৌরি অচেৎপা-ও ঈমুংমাগী থোমলেন মঙলাচাননে হায়রশোয়। নমু পোংদমথি পায়মা লিংজেন মকিংনাইথগী মুকমৈ নারিনলাংদা লাথুংরে। মীরম অথাপ্পা অসিদা মার ঐগী ইথোংথুনবু করম লীথঙলকপনো ? নিংথৌ সনা মথোঙজিন মীরাইঅমনা চংকদা পোংলাইঅমনা য়েৌঙমদবা অসিদা তাংজ নারিনশংগুম করম লানজিল্লকপনো। শাবী চীংঙু লাইবক খিবা-ও! নশানৌ য়ামজেং কাশাচাওবী ইশুংলাংগী নিংথৌ দগুি অরুম্বা থাঙলেন কোমশৎনববু লাম্নং-

লগবা মুজা ঐবু করম তৌ সিবনো” হায়না মীকপনববু নিংথৌ মদাইরেমশিংনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী প্রেম লাইজ মরাংহৌনা মীকপমম্নরে।

অসুম অনি চীনওক্পা অহুম চীঙ্গিম্ননা রাহুমনখিয়ে। নাইফ শংলেন তেংমাইহনবনা হান্না পাউমেল্লকয়ে। ইরোইনাই লোইনরিবশিংও মতৌ অসিগুম্নবু খমলাং ইপারোন ইরেং ইপুরোনদসু রারীরমদে। কৈদা ঐখোয়গী চীংউ লাইবকফবনা মিংয়েং তানফংলবনে। পারি লৈরাং মতম মানবগী তাঙ্গা লনবুমসু তারামঙানে কোরৌ মুমিং তরামঙানিবু তোইনা-হনসে হায়না পাওমেননরে। অপম্দি সনা লৈমাবা নিংথৌরেম্না থাংলেন কোমশৎনরবসু চীংঙু ঐখোয়গী ইরাইবক্কে। পারী লৈরাং মতম মানবা লৈক্ষপতি অহেনবা চীংঙু লাইবক থী-রবগীদমকপু থাংলেন কোমশৎনা লাঙ্গোই শরিথোক্লরবসুং শোংঙ্গী-রোঈয়ে হায়না পাউমেম্নরে হায়দবরা। বিদ্যাধারি অহেনবীনা “হে ভোজ নিংথৌরেনও নংবু নাতাও। ধনপতি মপারি লৈ-ক্ষপতি অহেনবগী মতিক শৈওনবু অমরক রাহমলক্কে। লৈক্ষপতি অহেনবা শীংলেন পারিজাৎ লৈনিংথৌগুম্নগা মুনি লাইবু নিংবী চমু লৈমা চন্দ্রগপ্ত অহেনবীগা অসুম কোরৌ মুমিং তরামঙানিবু কৌবা চীংদোইদা লোয়রং অতোই চকুম তোইরবদা মুমিং শীংথা শুরমদাইদা অমরক অনৌবা মীকপনখিয়ে।”

“হে শাবী ইবুংঙো মাঙ্গ পাম্মুবাও! শাবী নংগী তাঙ্গা লনবুময়েংনা মুমিং শীংথাবদি কোরৌ মুমিং অমতবু নঙাইরে। শীংলেন করম শেৎনশিবনো নশানৌ ঐদি মুকমৈ নাম্বিন লাংদা থুরবনিগীনা শাবী হৈনা নতুং ইনঙমলরোইয়ে। ইমান

সনা মরৈবাক্তা নদোম করম হনরাইখিগবনো কল্লকয়ে। হন্দক লাংওন প্রসিদা শাবী নংগী সেবা মতোন লোমনা পানমন্নগুনো হায়না নোংদমলবোইয়ে। হয়েং লাংওন অমরক্তা সেবা মতোন লোমনা সেবা থৌথনজগে। শাবী নংদি থাংগা নরৈকাইগী মুজা লৈরাং ইমান্নবীবু পানমন্নরুও। হয়েং লাংওন অমরক্তা য়োন্দনা লমওক্লসে" হায়না পাউমেন্নয়ে। মশাবী লৈক্ষপতি মুংক্লানবনা—"হে শানৌ শান্ন' লাংলৌতংঙমদরবী নশাবী ত্রোদ শানৌ নংবু নত্তনা শীংলেন থম্বাল লৈগুপীশিংবু কদৌনসিংনো? নমু কনা অমতবু তাংলোই নাক্ক থারবোইয়ে। শমু নহকশাং ইপন মর'নয়.ইদা লৈরৌবী অতুগা অমনশীংদা চনমন্নরুগে" হায়না পাম্মু শেংনঙমদা মুংশ খাইনঙমদনা কৈদা থোংখৈ ফম্বশিংনা পাউকৌথোক্লে। তরা চাকপীজারিঙৈদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন্দি কংলৈ য়াখোকলকয়ে। অসাইঙৈগী নিংথৌ চেংলৌ মিংকোইলৈ খাগী চেবাকথক্তা য়েক্লিবীবু চেংলৌ শকয়েংনগে হায়না চংলক্লে। উপু চাজুমহাং তেংনৌ হংজৈশং চবৈ ফিথুপ কাংনা নিংয়েং শানথৈববু অসাইঙৈগী লৈক্ষপতি চন্দ্রগপ্ত অনিমনা মীকপ্পবগী চরৈ ফিবুপ চোংনা লৈঙামববু উরুবগী নিংথৌ তিল্লাং মথোক্ত শাউনা রাহমলকয়ে। "হে ইদাইরেম ফৈদা থোংশ হনবা-ও। নখোয়দি নিংথৌ কোলোই ইয়াথংবু ননদা হল্লে" হায়না রাহমলিঙৈ অসাইনোংগী লৈক্ষপতি নীংথিবনা মালেম লৈদা ওন্না মীকপফমবু উফুল নোংসৈহৌ নমু মীথোংখুনবু লৈঙমলবগী খাম্বী মরাংহৌনা চাক্লিঙৈ চানা ইকং হুনজিনবগুম থাংলেন মখুৎশংনা "হে তয়ুম নংবু তাও-ও! খোইয়ুম লাইদি তাংজ খোংখুল লৈতে তাইবংমীগী খোংখুননে। য়ারা পুজাওরেনগী চরৈ পুন্না চোংপবু কোরৌ নোংনাংপানগী নোংলেন মখোংফুইনা চুবনস্থ ঈরুফাওদে। তয়ুম নখোয়দি নিংথৌ থাংলেন ইখুৎথৌ

শুনা নোংমনহনগে" হায়না নিংথৌ য়াইবী কনহৌনিক্লবগী ফৈদা নাইফা থোংখৈহননা নিংথৌ মৈশা য়েংনা "লৈক্ষপতি নীংথিবসু ফৈদা তেংমাইথিনবগী চরৈ য়াকুন্নুংদা শানথুপহল্লিয়ে।" শংলেন তেংমাইথিনবদি পুক্লিং অকিচংনা নিংথৌ সনাখাদা শমু মথুংলোন য়াথং বাচুমশুনা পাউথুমজখিয়ে। "হে নিংথৌ সনালৈকোইকম্বা ইবুংঙো তাও! নদাইরেম ঐখোয়বু তাঙ্খোঙ লমফৈচনগুম্লে। নিংথৌ থাঙলেন নথুংশুনা নোংমহল্লবসু' চেনফররোইয়ে। খোইয়ম লাইরৈবাক্তা হয়েং থোংলেননা পৌ-রোননা রাংনউনে! বারম পন্দোন লোমনা পাউদনজরক্কে। নিংথৌ পোৎলম অচেৎপ, অসিবু মমানমচা লৈক্ষপতি কৌববু লাকয়ে। তাংলোই মরুম্বীগীদমকপু মুংশি মৈনা চাকপনা নমু মীপুম অমনা চংফদবা আসদা থবায় নমদহুম্না চঙলকয়ে। য়াথং মপাউতানা মুংশিবাগী লংজ অয়োন থোক্লে। নদাইরেম অদুগী কোলোই মমিংদি লৈক্ষপতি হায়না কৌয়ে। ধনপতি লনমাবা কুবের লম্নিংথৌগুম্বগী মপারিনে হায়য়ে। হৈজা অওই থিথিরিঙৈ হৈনা মতুং থোকপদা থবায় মপানফুক্লা পুখিঙাময়ে হায়না থবায় খোংথুন লীরকয়ে। শমু মহকশাংদি অমন খাঙয়েন চম্না থমলময়ে" তোংজেং কুয়াইম্নুংদা চম্না খামবী মৈদা ইক্লমদরিয়ে হায়রয়ে" হায়না বারম পন্দোম লোমনা পাউদমলবদা নিংথৌ খামবী মৈশালাংববু চৈরেপখিয়ে। কপ্লাও মৈরা মুংনা নিংথৌ থাঙলেন মথুংশুবু মালেম লৈদা থমনা লাইজ উনথম ইগুম চিক্লা পাউমেল্লকয়ে। "হে ইদাইরেম-শিংও কোলোই নখোয়গী নপাউতম অসিবু নিংথৌ থাংলেন ইথুংশুবু শোংগীবাগী শরি পাউথুমলবরা? খোয়ম মতুনিগীদি ধনপতি মপারি লৈক্ষপতি কৌবা অদুদি করি থৌখামলোদবনো?" হায়রবদা নাইফা থোংথৈ কমবশিংনা পাউথুমজরকয়ে। "হে

অপন্দি ইনিংথোও ! লৈক্ষপতি নিংথৌবদি ইরান ওন্দেঙমরোইয়ে হায়না শঙকলপ রাশকভৌনা নদাইরেম ঐখোয়গী চরৈ য়াকুন্নুংদা শানথুপলিয়ে” হায়না পাউদমলংগা ভৌইগীদি মুংশি মপিঙভানা মীকপ্পববু থুনা মিংয়েং শানগৈরগে হায়না পাউমেল্লবগা তৌ-ইগীদি নিংথৌ ঐগী ইভাল অরাবনা পুক্নিং অকি চংলভেনে। নিংথৌ ঐদি ইরান ওন্দেথিবা শানা ফক্লাং লোনজা মিহুৎ য়াৎপদা মিংয়েং শানথৈগে হায়না রাহমলবগা নাইফা খোংথে-ঙাকপশিংনা য়াংনা পাউকৌররে। লৈক্ষপতি অহেনবদি পুক্নিং অকিববু শমু নমদা হুন মুংশি থাগোননা চংলক্লে। উপু মথুমহাং তেংনৌ হংজৈশং চরৈ ফিথুপ কাংনা “হা-হা লৈমা চন্দ্রগম্ব ইনেম্মচা নীংথিবীও ! নংবু মীরম অথাপ্পা মীরাই অতামবা অসিদা করম য়াঙ্গোইভাম্বনো ? নশাবী ঐদি হৈজা অওইথি লোইমু মরন ওল্লুববু ইরান থিংলৌ তেরক্লে শানৌ তাংজ নখোংখুনবু লীরকয়ে ইপন মরানয়াইদা হনবাইঙমরোই নিংথৌ থাংলেন মথুৎশুবু শোংগীররোইয়ে। পন্থৌ লেপলৌ শিন্না লাঙ্গোনবীঙম্বশিংগী থরায় লাইশেংলম্নবগা অমন খয়েকুম্না শানৌ নংগা খোইয়ম লাইরৈবাক্তা য়োন্দনা লম ওক্লভৈনে” হায়না মীকপ্পবদা মুজা মীওইশুনা থাগী চেবাকথক্কী চোংথরক্লে। মাঙ্গা খ্বাঙপমশিকোননা মীকপনবে। “শাবী ইবুংঙো চৌংঙু লাংবক-থীবা নংবু মোমন্নু ইশুংলাংগী নিংথৌ থাংলেন মথুৎশুদা হকশাং থম্বাল মানবা অসিবু করম নোংমল্লগবনো। মুংশি ইপিঙভাগী থাম্বী মৈচাক অসিগুম্ববু কনা লৈরিবোইয়ে।” হায়না মীকপ্পববু অপন্দি নিংথৌরেম্না ফক্লাং মিহুৎ অহোবদা মিংয়েং শানথৈ-রবগী মুংশি ঈথকহৌ মিংলোং থম্বাল মানবা অনিমদা প্রেম ঈচেন্নমা চেনজিল্লক্লে। লৈমা চন্দ্রগম্ব নীংশিবীদি নিংথৌ মঙাল অরাববু শোংগীররবগী মুকমৈ নারিনথক্তা চোংজিনখিরে হায়রে।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেম্না বাহমলকয়ে। "হে তয়ুম লৈক্ষপতি নীং-থিবাও! য়াবা তুকুপচুংনা শোংগীরগুনো তয়ুম নংগী নতৌ ওস্থোকপা অস্থব্রু থায়না কদোনোংস্থং উথোকতে। শাস্ত্র লাইরিক অরিবদস্থং থমলমদে। নরুম থবায় মিরাংপান খাগী চেবাক-থক্তা য়েকফারিবা অসিবু ইমোম ঐনা পোকপী মহাকপু লেপ্পা ওই বিসয় নরৈবাক্তা কৈন্য মুহোঙতম্না কাওজনহৌগে" হায়না সনা অপন্দি লৈমাবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন য়োইময়াই মুমিৎ মহুমনুংগী থুনগুনয়াই অবাং নোংনিংথৌগুম্বনা নিংথৌ শমু মখুদোন নোংপোক কোইচৌংশাংঙি চেম্পাকা লৈহাও মানবনা কাতি থাঙচপতৈনা লৈমা চন্দ্রগন্থ নীংপবী কৌবা চীংদোইলম হুইয়াই কোংদিংনু পাউদোইলৈ লোইরং অতোইবা চাগুম্বীগী থবায় মিরাংপান মুনমৈ মাহিন শোল্লির্বীমখৈবু য়াংথোক্লবগা লৈক্ষপতি মালং কেতু লৈগুনীগী ফৈরা মতম্থাক্তা পীনরে হায়দবরা।

হে ভোজ নিংবেনও! উনবী পুক্নীং পীনা নাতা-ও! কোরৌ অহু মুমিৎমগী হৌনা লৈক্ষপতি চীংঙু লাইবকফবা ধনপতি লনমাবা মপারিস্থ নুংশি হকশাংথনববু কোক্লে। অনা ফকফা নিকপদা মন্ত্র লাইশোন চৈরোইননা অনা কাইকোক-পগুম নিংথৌ থৌজান লাইজ ঈনোৎ কাগুম্ববু তানফংজরে। পুক্নং অম্বা কোকনা থবায় মত্তোন চোংলে হায়দবরা। বিক্র-মাদিত্য নিংথৌরেনগী সনা মখোংখাদা মালেম লৈদপক চাংজৌ চেপনা লোম্না---"হে নিংথৌ! অথোইবা নিংথৌ নমান্নবা সনা চোঙলেন থানবলক্তগী চোইনৌ সনা চীংগুম্বা ইবুংঙো তাও। নম্বাইরেম ঐদি পোনবী মচা মাঙবা চীংয়া চাহুই লৈরোংপা ওইমু চেংবীরা-চা চেক্না নাওফং চেক্নমলবা ঐদি চীংঙু নোং-

শোরারেম্না মালেম লৈতারকপা তুগুমববু পুক্লিং হরাও থোই-রে" হায়না পুক্লমক্তয়ে। সনা অপন্দি লৈমাবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেন্দি মদাইরেম ফমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহিশাংদা পাউমেনখিয়ে। "হে ইদাইরেমশিংও কোরৌ মুমিং মঙানিদা মুহোঙ পোৎলোই মশীংশুনা থৌরাংসে" হায়না থৌরাংখিয়ে। কোরৌ মুমিং মঙানি শুরবগা মুমিৎ অরুবা থাবা অশেংববু খননা খেল্লেন পুংজা য়েংনা যাত্রা থোঙশানহনগে হায়রবদা। লৈ-ক্ষপতি লৌশিংবনা নিংথৌসনা মখোঙথাদা পুরুমলবগা সনা অপন্দি লৈমাবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেম্না— "হে মাকলৌরেম লৈক্ষপতি নীংথিবাও! সনা মরৈবাক্কী ইমোম অমনশিংদা চেম্না থমলঙ্গী অচুগা তাইবং মালংকানা পানহৌরুও" হায়না বর লেনকুবিরে হায়দবরা। লৈক্ষপতি চীংঙু লাইবক ফবাদ মশানৌ মুকমৈ নারিন শোল্লিবী অচুগা থিক্লেন থাগোননবা চুলাইরখ... ফমকন্মুমরে। চুমাইথোকশাং খাননা লাঙ্গোই চকচাউবা কোরৌ নোংশগোন কাওরেন থোইকাপ মুজা মথোকলকপী পাখং মকারকপা অপন্দি লৈবাক পুম্নমকপু চরৈ মকাংলোং মাল্লো মীমাঙতাক চেংলৌ মিৎপু লংনা তরেৎ মন্দিম্নাই বাংলেন মরাংহৌ পেরে শহনাইথোং শিঙ্গা খোঞ্জেনচাউ মোই-বুং পিনকামনা করতাল শেনখিঙতৈ মৃদঙ্গ পুংখৎথোইনা কোরৌ কুপতুম কুপ বাংবন লংতুম লংনা মরান মুহোঙলক্লে হায়দবরা।

অসাইঙৈগী মপন অনিমদি মরান মোংবয়াইদা মপারিগী দমকপু কোরৌ থোইনা য়েংনা মীকপখিয়ে। মতৌ পান্দম অমদি চেক্লা থৌরৈ বাকম্বোং চীংমুঙ নোঙ্গৌবীনা কোরৌনোংনাং-পানগী লাইজ ইঙাইজবা তুগুম্বু মপারিগী তাংজ খোংয়েংনা মাইগৈ লমদমপাং থুবাক লাইখনশানা মীকপখিয়ে।" পারি

ইবুংঙো লাংলেইহনও! ইপাম্না নদোন শাৎপনে নপন থবায় ইমিরেনবু ওইবনে পারি য়েংবা চীংনা খন লাম্বসুং শানা তেনয়ে লোইদাম থাবুম অনি শুভিল্লক্লে। নপল ঐদি অহিং শমু খোংনাতাম নোংখিন চেংলৌ মিৎনা বাংলে। লাইমোং য়োইক্লমলোন কোরৌ খোংজোমনুবী মতা তরুকনা কোরৌ নোঙ্গাখিঙৈনা লৈমা য়াংদৌনু ইংলেন মুরাবীনা মপারি হরি খোন্দৈবা কৌবা মৈথাম মাম্না খ্বাংনৌববু কোরৌ নোংনাংপান্দা লাপনা লাঙ্গোনজবা লৈবাং মতম মানগুম্ববু করম থোক্লরবনো ওস্লোকয়ে। তয়ুম নাইমুংচংশিংনা পারি ৈনে নতুংইননা তাংজ খোঙখুন লিহুনখিবসুং মরান ওন্দেরক্তরে পানবা লমফমবনা ঙসল্লবরা হায়না মীকপখিয়ে। মহুইরোন লৈমা নীংথিবী অমন খাংয়েম চল্লিবীবু চরৈ মাইখনকাং চেংলৌ চিংনা য়েংনা—"হে ইমোম ইহুইরোন থিংলৌ চাউবা য়াহিপনা লাইরেন শাংবা য়াতাননা নোমল্লবীও! নংবু নমান ইপিংঙাগী পায়মা নিংশাহাপ্না করম য়োইয়োইঙমদরবনো কল্লকয়ে। হে ইমোম ইবেম্মা-ও নমান ঐখোয়না অমনশিদা য়েনবু করম থিখঙলুসিবনো। ইহুই-রোন নংবু লোইদাম থাবুম অহুম শুরবসুং য়াবা শুঙ্গা নমদ-রিয়ে। লোইদাম পুর্ণিমা মপুংফাবা থাগুম মাইথোং মশক ওন্দে তাইবং মালং কারকও" হায়না কোরৌ নোংজা খুদিংগী পিরেন মাইতাননা মীকপ্পসুং চেংলৌ মিৎকুপ মরুম লৈজল্লম-খিগে।

অসাইঙৈগী তয়ুম নাইমুংচঙ মপারি তাংজ খোঙখুন লীখিবশিংসুং য়াংলৌ লমথাংমদা লমওক্লরে। লৈক্ষপতি নীং-খিবনা মপন মেম্নোং মথুদোনবু য়েংনা মীঙপখিয়ে। শানৌ ইনেম্মচা নংবু কৈম্না তান্দপমনা কোরৌ নোংলোন পাইবা

চেক্কুম ইপন ময়ানয়াইদা করম বাইথুংঙমদবনো কল্লকয়ে।" হায়না মীকপলবগা— "হে তয়ুমশিংও! ইপন ময়ানয়াইবু ইন-দাল্লসে" হায়না পাউমেল্লবগা "তয়ুম নখোয়দি ইপন অনিমগী সনা মখোংখাদা হাম্না পাউদমঙাম্নও। সনা অপনদি লৈমাবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেম্না থৌজান ইরেন পুংগুম লমকুবীরকয়ে পোৎলম মশীংয়ামনা মুহোংবীরকয়ে" হায়না বারম অয়ামববু থাক্তনা হায়খিরে। মদাইরেমশিংনা অহিং থোমলেন তুমগন্দা নোংখিন অবা পোত্থা নাইদনা মপন ময়ানয়াইদা বাইথুংলরে। বাসিয়া খুম্নিংথৌনা মপারিগী মপাও তারবদা এহইরোন থবায় মিরাংপানবু মপারিনা মিরেন থাদা কোম্না পূরকলে হায়না মুহোং খোঙদোংপোৎ অয়ামববু থাক্তনা পাউদমজবদা। ধনপতি লনমাবদি মুংশি মৈনা চাক থাবা উল্লেম থাগী পামেন উরাহ-কংগুম চেংলৌ মিৎশা তাম চাইরুং মচিলাং থবাক লীকচাউ উনা কুং লুদা পক্লা থবায় মপান ফুক্কে তৌইগুমঙামলববু মপারি য়াইফ বাবু নাতারবদা হরাউ পূক্রিং চংনা লাইননোং চংবু শ্রীরাম নামুংবনা সীতা খোঙথুন লীভৈদা পঞ্চবতি উপাল অচৌবদা চেক্লা শুন্দ লৌশিংবনা পোনগী শাগন তুংফাংকেম্না পাইঙমদরবু বানড় চীনগোই ময়াথংনা শ্রীরাম কোলোই মিংলেন তারবগা চেক্লা পোংচিন তুহাউ হৌনা শাগন তুফাংলেং পাঙ্গল মথি নাইহৌবা তুগুম্ববু মপারি মুংজানবা থবায় মমিরেনবু ওইন-বনিগীনা য়াইফ বারম তাবদা লাহল মাংগী মতমগুম লৌশিং মপুং ফারে। ধনপতি তিঙ্গা লুচিংবদি মদাঈরেমশিংগা মপারিগী-দমকপু হৈরাং অশংয়েং তাউচীং অমুনথম্না পানা লায়াৎতৈ কা শুংদাই থাঈ চিনি হৈরোইনাই লালু খুৎপুন মেৎনা পুং-বুরেন থেনমাইলাংনা পাথং মথোক্লকপা মুম্না লাংজেং কারকপী-শিংবু চরৈ ফিনৌহোঙনা য়াংলৌ লমথাঙ অমদা লমওকহল্লে।

কংলৈ মশুমাঙদা মণ্ডপ চাউগোইখন ব্রাহ্মণ পণ্ডিত পুম্নমক্না মৃদঙ্গ খাংলেন পুংখৎতৈ করতাল শেনখিং মনিন্নাইনা নাম সঙ্কীর্ত্তণ খোইয়ম লাইমিংশক্না নোংহামজরে। লৈক্ষপতি ধর্ম্ম লাইনীংমনগী চীংঙ্ মরনকু থৌজানয়োইথোন্নববু তানফংজরবগী মুঙাই মরাং কাইনা থাইথুংলরে। শুমাই মথোবোম্ন য়োরবদা অসাইনোংগী থবায় মিরাংপান ফৈরাতান্দা কোল্লকপবু মাঙখিরে। কোলোই মশঙ্গাইমুংদা লাহনবোংগীমথৈবু অমন খাঙয়েনচননা থম্নিবী থিংলৌ চাউবা য়াহিপ্পা লাইরেল শাংবা য়াক্তানরিবী অতুগী হকশাং কাবুম হাংদনা চোংশিল্লবগী লৈমা চন্দ্রগপ্ত নীং-থিবীদি খোমলেন মীকপ থোকপা লৈরাং মতম মানগুম তাইবং মালংকানা থমগোল্ অনৌবা শিংখৎলক্লে হায়দবরা। হা-হা লৈমা চন্দ্রগপ্ত নীংথিবীদি খোমলেন তুমগল্লবদগী খোমলেন মীকপ থোক্লকপা ওইনা নীংযে হায়য়ে। মমান অনিমগা মশাবী লৈক্ষপতি মুংজানবগা অহুম্মনচিংনা মনীংলেংনাতেং মতু লাক্লৌ শিনবা শঙ্গাই মনিন নাইবা পুম্নমদি পুক্লিং হরাউথোইনা কোরৌ নোংনাংপানগী লোইনাম থানিংথৌবু শমুখুংনা কোনবগুম হরাউ মথৈ লৈতরে হায়য়ে। থাবা থিযাথৌশিংনা য়াইথোঙ তংনরা শাবা নিননবাবু খোইয়ম লাইমিংশোননা থৌ মতোল-লোমলবগা চন্দ্রগপ্ত মেনসনা থাহুইলৈ মেল্লে লৈরিক চিনগুলীদি চিত্ত নীংশিংথোইনা লৈমা ঐদি থমম্মুংথোঙজিনদগী তাইবং মালং কারকপবু ওইরে হায়না নীংখল্লবগা মমান অনিমবু মালেম লৈদা পক্না পুরুমলে। মশাবী লৈক্ষপতি নীংথিববু শমু থোঙবী পায়না পুরুমজরে। লাইজ পাসানা ইবা পুমফা-লোননা শান্দেংলে। চরৈ ফিনৌ হোংনা হৈরাং অমুন খন্না তাউজীং হৈদংলে। তরা খুৎপুন পিনা চাবা মতোল্লোম্নবদা থোংনাং মন্নাং কা শুংদাই থাই পানা থৌখন শুমু কর্পুর

য়াউনা পানা চহুম চারে হায়দবরা। চরৈ ফিনৌ হোংনা মাগুপ চাউগোইমুংদা ভক্ত পরেং ফমবলক্তা পুরুমগে হায়না কংলৈ য়াথোকলকপদা খোইয়ম লাইবু নীংবশিংনা মিৎয়েং শান-খৈঙম্বদি য়োইময়াই তাউদনবনা গোবর্দ্ধন সনাচীংদগী লমহৌ-রকপা তুগুম্ববু চেংদৌ মিৎপু লং পোনবী বাহোং লমচৎনা শকথোঙ মঙাল নাইববু য়েংনা হুরি মিংলেন শোননা হুরাউ-নখিয়ে। হে ওনথোকপনে লৈমা চন্দ্রগন্থ নীংথিবী অসিবু তাইবং মীপোকনরিরোইয়ে কোরৌ নোংনাংপানগী ইন্দ্র জগোই শাবী বিদ্যাধারি অহেনবীবু নরিঙৈনে হায়না শোনমোইনাঙাময়ে হায়দবরা। শমু মখুদোন নোংপোক কোইচীংশাংগী চম্পা লৈহাউ মানবী অতুনা পানা লারৈ পায় সনা শেলপাকথক্তা শীংলেন লৈনম ওপ্না শীংলেন লৈয়েল্লিঙৈদা কোরৌ নোংমা-দোনগী পুস্প শীংলেন ওইনম্ববু লৈরিক নোংজুনরকয়ে হায়য়ে। বাসিয়া মপুংয়াইগী পণ্ডিত খোইয়ম লাইবু নীংবা মালেম লৈপাক কোইবশিংসু হুরি মিংলেন শোন্না মুংঙাইনরে। কোরৌ নোংমদোনবু শমু খোঙনা চৎনা তানফংজবগুময়ে হায়না হুরাউনখিয়ে। অসুম মুমিৎ শীংবুম য়াম্না য়োইচাম্নবগা ধনপতি লনমাবনা মনিক মনিক লমমরুনচিংনা মালেম লৈসনা অঙাংবা কোরৌ নোংলুপান অঙৌবা চরৈ ফিখুৎশা খমু ফিওস্থোক থাগী ফরাংজি য়াইফু ফিওস্থোক পুম্নমক থোরাংলবগা অসাইঙেগী মপা-রিগী হৈনা মতুংইন্না থিনবীরকপশিংসুং নমু মীপুম হাংদনা সনা মীপোৎ পীনরে। ধনপতি লনমাবনিগীনা তাইবং কোইজ-পোৎ মশীংগুনা পীনখিয়ে। নিংথৌ মনাইশিংসুং মমান অনিমগা লৈক্ষপতি চন্দ্রগন্থ মরিমবু মালেম লৈদাপক্তা পুরুমলবগা অপন্দি সনা মরৈবাক্তা হুনবাইখিয়ে। লংহৈ কুন্থুম খুদিংগী মনিক, মনিক লনমরুবু পুংবুরেম থেনমালাংনা অপন্দি নিং-থৌরেন্দা সেবা থোখল্লয়ে। হে ভোজ নিংথৌরেনও! বিক্র-

মাদিত্য নিংথৌরেনগী থৌজান ময়নকু য়াইবী থবায় তৎঙমদরববু থৌরাং ঈহৈথগুম্বী অরাং নোংনিংথৌ য়োইমরেনবা মরনকু সনা ফম্বাল্লাং নোংশা খ্বাঙনৌবগুম্বা মতিক পান্দম লৈত্তবা অসিবু করম ক্ষমগবনো হায়না পাউমেল্লবগী ভোজ নিংথৌরেন্দি নিংথৌ মঙাইরোই ব্রাহ্মণ পণ্ডিত লেংনা তিনবলক্কা তাংজমরু-লুক্কা ইকাইথিয়ে। সনা ফম্বাললাং সনা ক্ষানখোঙ ওইরিবীদি কোয়ৌ নোংলোনপাইনা চীংঙ্ ইন্দ্র শোয়ারেনগী সনা মখোঙ-খাদা ইনদানখিয়ে হায়ুদবরা। সনা অপন্দি লৈমাবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌরেনগী সমুদ্র ঈরেন পুংগুম্ববু বিদ্যাধারি অহেনবীনা ভোজ নিংথৌরেনদা য়াহমশৈনে হে নমু পোংবচাশিংও ঃ। চন্দ্রগম্ভ য়ারী মুংঙাইবা অসিবু লাইরেল মৈতেংঙ্ বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্বা নোংপোক য়াইরং পামহৈবা ছুয়েন কালামুফা তুবী হেরা চিদাইথোমবা মালংতমথায়াঙগুম্বগী মপারি শ্রীধনশাই লিক্লাই চীংখোঙ য়াইমবা মমু ঙাংঙোই য়ুমথাংবা ক্ষত্তান পোইরৈ লৈবাক কোইবনা নিংথৌ মচেংহকমা ওইবগী মনোংয়াই ধর্ম্ম চোয়োন কেগে ঙাঙোইবচাগা লৌশিং পুকমাম্বনা শৈশেমজ-রকয়ে। লোইয়াম য়াংচম মৈতেংঙ্চা শৎবনারন শগোনশেলগুম্বনা মুকমৈ নারিন শোল্লোয়ে। পায়ম লৌশিংতাম উনবী লৈথন লনবগী মালেম লৈক্রকথোকপদা লাইজ ঈহৈজিনগুম য়ারী নাতৈ চাদববু ঙাকপিও। মপন মুণি লাইবু নীংবচম্ভু লৈমা চন্দ্রগম্ভ নীংথিবীগী য়ারী পনদোন লোমলে। লৌশিং মপুং ফাদরিবা তরা চাগেমতোনগুম্বগীনা মুংশি পয়েংচাদে হায়না পুক্লিং য়ায়েধীগুনো। ক্ষেমা ধর্ম্ম তৌনা ঙাকপি-ও! তয়ুম ইয়াকমসুং পুন্সি ইয়ালনে অয়াংশরু লুতু লৈবু শীংলেন লৈনিনা শ্রীকৃষ্ণ সুমা থয়ারেনদা পুরিক হকশাং য়াথং অত্তুম্মকপু শুংজিমা কোনজিনজম্মগে হয়া হে হরিচা হে হয়া হরিও ॥

লোইরবা।—

